# মণিপুর পুরাবৃত্ত

( নিংথৌরোল থোদোক বারী )

রাইটর :—

শ্রীপুখ্রম্বম পারিজাৎ সিংহ

( সন ১৯১৭ ইং )

# মণিপুর পুরাবৃত্ত

( নিংথৌরোল থৌদোক ৱারী )

রাইটর :—

শ্রীপুখ্রম্বম পারিজাৎ সিংহ

( সন ১৯১৭ ইং )

---

পাঠকশিংনা ছাপা খরচ খর খর হঞ্জিনবীয়ু মুল্য লুঃ ৪'০০ তনি।

ফোঙজবা—

কেঐচ ইবুংঙোহল সিংহ

ব্রহ্মপুর মঙ্গে মখোঙ, ইম্ফাল।




অনিশুবা খুৎনম—

কোপী ১১০০

শোক ১৯৮৫ ইং

---

লাইরিক অসি ফোঙজবদা মণিপুর্র সরকারগী তরগুগী মণিপুর ষ্টেট কালা একাদমীনা মতেং থর পীবিরকপগীদমক ধন্যবাদ তৌজরি।

# "কচ্চবা"

ঐবু শিক্ষা পীবিরমহুনা য়ারক-য়াতেম্বীরম্বা,
নচাগীদমক অৱা-কোকথোংনগ্রবা,
পূজ্য-পাদ-পাবুংগী শীংঙমদ্রবা,
স্মৃতি-পুন্ত ওইরবা, পাবুংনা
থম্বীরম্বা "মণিপুর পুরাবৃত্ত"
অমুকহন্না নমথোকচহুনা পাবুংগী
থুৎ-থম্বাল অনিদা কচ্চরি।
তোল্লবা নচাগী খুদোল
তরাম তরাম লৌবিয়ু, অমম্লুং
সভ্যসমাজদ লাম্থোকচরি।



তোল্লবা নচা
ইবুংঙোহল সিংহ

**Approved By**

**The Education Member, Manipur.**

---

# মণিপুর পুরাবৃত্ত।

হিন্দুগী অথোই অথোইবা তীর্থ স্থানদা অমস্তুং মণিপুরগী অকোইবদা লৈবা লৈপাক খুদিংদা, মৈতৈনা লৈকাই-খুন পান্দুনা লৈবসি উরগা মমাংঙৈগী মৈতৈনা খুৎকন পাঙ্গল্লম্বগী খুদমনি নিংঙৈ। হৌজিক কান্দা ইতিহাস শন্দোক্তবা লৈপাক্তি কয়া লৈত্রে, তৌইগুম্বস্তুং পৃথিবীগী ইতিহাসদা মৈতৈগী ৱারী উদ্রি। হর্শন সাহেবনা ইবা 'মৈতৈ' অমস্তুং কৈলাস বাবুনা ইবা রাজমালা পাবদা মৈতৈসি য়াম্না চিংথখরে, মখোইনা অতোপ্পা জাতি ওইবা মরমনা অউবা অতাবা খর অচুম চুমদা য়েংদনা ইশিল্লম্মি। অস্থুম্বা জাতি চেন্থবা মরম অসি কোক্লবগী-দমক অচুম্বা ইতিহাস অমত্তং ছাপা তৌনবা শ্রীল শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরেশ্বর সার চুড়াচান্দ মহারাজ ইবুংঙোগী কৃপাদগী, শিক্ষিত ওইরিবা খিবিক্লা চান্দা পিনবিথি। ছাপাগী খরচ খর খরদং হঞ্জিন-বিজুনা মরুপ-মপাং পুম্নমক্লা পাবিগনি নিংঙৈ।

By—

শ্রীপুথ্রুম্বম পারিজাৎ সিংহ

মোইরাংথোম মখা

১৯১৭ ইং।

# হৌদোকপা।

অচৌ-অচৌবা লোনশিং অসিস্থ ঐখোইগী লোনগুমলস্বা ওাকনি। তাইবংপান ফাওরিবা "রোম" হাইবা কোন্নুং অসি অহানবদা চিংতুম তরেৎকী মরক্তা ডাকু (ডাকাইত) খরদংতা লৈরম্মি, লোনস্থ করি ওইরস্বা হৌনবা। অচৌ-অচৌবা লৈপাকনা চাওখৎলকপা অমস্নুং তাথখিবা বারী তাবা নত্তনা নিপা থোকপসি কয়া ময়ামদে। তাইবং-পান অপুস্বা স্বজাতিগী পরিচয় পিনিংবনা মথুম মরাং হৌনরি; উন্নতিগী মক্ক লাইগুরু চিংখৎনিংবা রাখল অসি, লৈতবা লৈপাকস্থ কয়া ময়ামদে, চহি ৮০০ হৌদ্রে মৈদিঙু লোয়স্বগী কালদা, খম্বগী থোইবীনা শারস্বা ফী অস্থ উবদা মৈতৈগী হৌরককম খিনিংবা পোকই। তৌইগুম্বস্নুং হৌজিক মৈতৈনা, লৈপাক অসি বভ্রুবাহন্না পাল্লম্মি হাইবদা, অর্জ্জুন্না গঙ্গাদা উলুপী লৌবা, মহেন্দ্র পর্ব্বতকী লৈফমনা-চিংবা তাকতুনা মীরৈপাকনা চিনবেন খাবেন্নৈ। ঐখোইনা লাইগুরু হাক্তকতগী হাইরকলিবসি ছাপাদি খক লৈত্রি। খজিংগী লোংখুম উবদগী টেমস তুরেনগী লৈম্নুংদা গুরুং হুৎখিবা, অমস্নুং মিরাং উবদগী মিশর লৈপাক্কী পিরামিদ শাবগুম লাইরিক মচাসি মিংয়েং তাবিতুনা অচুম্বা প্রমাণ খিনবিরকপদা, খাওমৈ মশেল মরুম কোক্লহনবগুম অরানবা ফাবিরকপদগী অচুম্বা ইতিহাস অমত্তং পুনশিনবা য়াথ্রবদি নোমজবা মহৈ য়াল্লে নিংজগনি—

য়াথং ইনজবা

শ্রীপুখ্রম্বম পারিজাৎ সিংহ

তাং ১ | ৫ | ১৭ ইং মোইরাংখোম মখা লোক্লাওবুং।

# সূর্য্য

মুমিং থোকত্রিবা মথৈ সূর্য্যকান্ত মণিগী মঙান লৈতবগুম, লৈরমলবা মণিপুরগী ইতিহাসবু মৈতৈগী য়াইফ মুংঙাই খিবিক্না ফোংবিবা অসিদা মৈতৈগী লাইগুরুশিংবু জগৎনা খংনরকলগনি। মিংশেন্দা সনাগী মমি তারগা মিংশেন্দুস্নু ঙানবগুম সমাজগী পুকচেল চাওবা খিবিক্না পুক্নুং থৌগৎপিবা মতুংইন্না ঐখোইনা নোমজরি।

---

## লাইরিক অসিদা ইজগদৌরিবা নিংথৌশিংগী মিং।

মণিপুর রাজবংশগী মরম ইব। বিজয় পঞ্চালি হাইবা লাইরিক অহুদা পাখংবদগী গরিবনিবাজ ফাওবা নিংথৌ নিঙ্কুতরুক্কী নাম অসি মথাগী অস্নুম্না ইরম্মি।

যবিষ্ঠ। ক্ষেমচন্দ্র। জলগত্য। খগন্দীপ। পুন্যক্ষেম। একোদর। নিলমনি। দেবাস্ত। শ্যামচন্দ্র। কবিচন্দ্র। নীলাম্বর। খেলানন্দ। কীর্ত্তিবর। দন্তদ্বীপ্তি। অখণ্ড প্রতাপ। কাষ্ঠমনি। চন্দ্রমনি। ব্যাঘ্রজীৎ। ইন্দিবর। লবঙ্গ। লোকনাথ। ইন্দিবর। শূরচন্দ্র। চন্দ্রকান্ত। সঞ্চরিত। মালাধর। স্থিরভদ্র। আনন্দ। কীর্ত্তিচন্দ্র। সুদর্শণ। ত্রানদাত্তা। চন্দ্রহাস। শ্রীপরিরাজ। চিন্তামণি। মুক্তাবলি। লমগাইঙম্বা। নোংইনফাবা। কবোম্বা। তাংজঙম্বা। তমরিপু দেবরুদ্ধ। খগেন্দ্র। শ্বেতাম্বুজ। পাইকিন্দ্র। পিতাম্বর। গোপালসিংহ (গরিবনিবাজ)।

# নিংথৌরোন।

মৈতৈ পুরান পাইবা কনা অমনা হাই। পাখংবনা পানবসি শকাব্দ হৌগদবা চহি ৪৫ মমাংদনি, অমগী মততনা শকাব্দা হৌরবা মতুং মথাগী চহিসিদনি।

| | |
|---|---|
| পাখংবা | ২৯৬ শকাব্দা |
| খুয়োয়তোমপোক | ৪১৬ |
| তাওথিংমাং | ৪৯৬ |
| খুইনিংঙোম্বা | ৫৭১ |
| পেংসিবা | ৬২১ |
| কাওখংবা | ৬৪৯ |
| নাওকংবা | ৬৬৬ |
| নাওফোংবা | ৬৯৬ |
| সমৈবাং | ৭১৬ |
| কোম্থৌবা | ৭৩৬ |
| চহি ৫ নিংথৌ পান্দে | |
| নাওথিংখোং | ৭৫১ |
| খোংতেকচা | ৮২১ |
| কৈরেঞ্চা | ৮৩৮ |
| চহি ১০ লৈতাকই | |
| য়ারবা | ৮৭১ |
| অয়াংবা | ৮৯০ |
| নিংথৌচেং | ৯১০ |
| চেংলৈ ইপা | |
| লানথবা | ৯২৯ |
| য়াংলৌ কৈফাবা | ৯৪৯ |
| ইরেংবা | ১০২৯ |
| লোয়ম্বা | ১০৪৯ |
| লোইতোংবা | ১০৭৬ |
| হেমতৌ ইবান থাবা | ১১০১ |
| থবান থাবা | ১১২১ |
| চিংথা লাম্বা | ১১৩৩ |
| পুরাম্থাবা | ১১৪৮ |
| খুম্মোম্বা | ১১৫৮ |
| মোইরাম্বা | ১১৭৮ |
| থংবি লাম্বা | ১১৯০ |
| কোংয়াম্বা | ১২০৭ |
| তেহ্লৈবা | ১২২২ |
| তবুংবা | ১২৩১ |
| চহি ৫ লৈতাকই | |
| পুন্সিবা | ১২৭৬ |

| | |
|---|---|
| নিংথৌখোম্বা | ১৩১১ |
| ক্যাম্বা | ১৩৬৬ |
| কোইরেম্বা | ১৪৩০ |
| লমগাইঙম্বা | ১৪৩৫ |
| নোংইনফাবা | ১৪৪৬ |
| কবোম্বা | ১৪৪৭ |
| তাংজঙম্বা | ১৪৬৫ |
| চলাম্বা | ১৪৬৮ |
| মুংয়াম্বা | ১৪৮৬ |
| খাগেম্বা | ১৫২০ |
| খুঞ্জাওবা | ১৫৭৪ |
| পাইখোম্বা | ১৫৮৮ |
| চরাইরোংবা | ১৬১৯ |
| গরিবনিবাজ | ১৬৩১ |
| জিতশাই | ১৬৭০ |
| ভরতশাই | ১৬৭৪ |

| | |
|---|---|
| মোরাম্বা | ১৬৭৫ |
| কার্ত্তা | ১৬৮১ |
| লাবন্য-ন্দ্র | ১৭২০ |
| মধুচন্দ্র | ১৭২২ |
| চৌরজিত | ১৭২৫ |
| মারজিত | ১৭৩৫ |
| চহি ৭ খুনতাকই | |
| মরক্কা নিংথৌ ৪ লৈরি | |
| গম্ভীরসিংহ | ১৭৪৭ |
| নরসিংহ | ১৭৬৫ |
| দেবেন্দ্র | ১৭৭১ |
| চন্দ্রকীর্ত্তি | ১৭৭২ |
| সুরচন্দ্র | ১৮০৮ |
| শ্রীকুলচন্দ্রসিংহ | ১৮১২ |
| শ্রীচুরাচান্দ সিংহ | ১৮১৩ |

---

# অহানবা শরুক
## (পন্দুপ অহানবা)
# মণিপুর

মণিপুর হাইবা ঐখোইগী লৈপাক অসিবু মহাভারতকী মণিপুর অহুনি হাইবগী প্রমাণ ঃ—

১। "গীতং ধর্ম্মং যেবাং তে গন্ধর্ব্বা"

মৈতৈনা চাংচৎ অমদা ওইনা পুং ইশৈ পাম্বা, থৌনা ফবসিনা গন্ধর্ব্বগা মধি থোকই হাইবা ফোংদোকই। মমাংদৈগী মণিপুর অহুদি গন্ধর্ব্বনা পালমই। ব্রহ্মাণ্ড পুরান্দা ভারতবর্ষগী নোংপোক চীংথদা গন্ধর্ব্বদেশ লে হাইরিবন্থ মণিপুর অসি ওইফম থোকই; কিরাত ময়ামস্থু মাহ হাংহন্দুনা, হৌজিক্কী খংখুল, লুসাই, অদুগা ত্রিপুরা মশামাসনি। (বঙ্গবাহন্না পানবা লৈপাক অহুদি গন্ধর্ব্বগী লৈপাকনি। মাইকৈ অসোমদা লৈবা লৈপাক ময়াম অসিদা মণিপুর অসি নওনা অতৈংদি গন্ধর্ব্বগী খুদম ফংদে)। কিরাত=অনার্য্য। হৌজিকসু মণিপুরগী অকোইবদা অনার্য্য ময়াম লৈরিবসি থাইনগী কিরাত শিংহুগী লিচৎ কয়া হোংদ্রে। ত্রিপুরা হাইবা লৈপাক অসি চন্দ্রবংশগী যযাতিগী মচা দ্রুহ্যুনা শেমগৎলমমি ; মহাক্কা হিড়ম্বদেশ (বর্ত্তমান কছাড়) গী মথাথংবা চিংশাংদা লৈবা অনার্য্য জাতি কিরাত ময়াম্বু খুহুম চন্দুনা লৈপাক শেম্মি, মহাক্কী মচা ত্রিপুর কৌবা অমনা পালহৌই হাইবগী লৈপাক অসিবু ত্রিপুরা কৌনরি। অসুম্না পুর্ব্ববঙ্গ আসাম ইতিহাসদসু কিরাত লৈবগী খুদম পিরি।

২। শ্রীহট্টগী ইতিবৃত্তদা, পুরানগী প্রমিলারাজ্য হাইবহ্ থাসিয়া চিং অসিনি হাইরি। অর্জ্জুন্না লাকপদি মসি লাল্লক্রগা, মাণিপুর চংলম্মি হায়না, জৈমিনি মহাভারত্তসু ইরি। অহুদগী ময়ুরধ্বজগী লৈপাক্তা চংলি। কালিপ্রসন্নসিংগী মহাভারত্তা ময়ুরধ্বজগী মচানুপী স্বহা হাইবিহু "ব্রহ্মা" মৈনা লৌই, মহাক্কী মিংদগী লৌহুনা লৈপাক অসিবু ব্রহ্মাদেশ থোনখি। লৈপাক অসি মৈনা ভাকলম্মি। কবোবু ময়ুরধ্বজগী লৈপাকনী হাইবদা নাতৈসু চাই, লীন্দা, বাহোংনা চংপা লিচংতু কবোশিংনা তৌই; অরিবা সনা লুপা তাঙ্গদা বাহোং য়েকই। (বাহোংবু ময়ুর কৌই)। অর্জ্জুন্না লাকপগী লম্বী মশাং অহুগা হৌজিক্কী ভৌগলিক অবস্থাগা য়েংনবদসু পরেং চারি মরক্তা সমুদ্রনচিংবনা থনবা লৈতে।

৩। জৈমিনিগী মহাভারত্তা- অর্জ্জুন্না গঙ্গদা উলুপী লৌরম্নগা মণিপুর অসিদা লাকপগী বারীহু শমখিবদনি, উলুপীগী মপা নাগরাজ গৌরপীয়গী লৈপাক্তি "কোহিমা" নাগাপাহাড় অসিনি; নাগহুগী বংশ ওইবনা লমহুবু নাগাপাহাড় কৌরি। মহেন্দ্র পর্ব্বত্তগী মণিপুর চংবসি য়াম্না নকনা থোকহল্লিবহুসু বারী শমখিবদনি, মণিপুরগা মহেন্দ্রপর্ব্বতকা লৈমিন্নৈদি হায়রমদে।

কহিমাদা পোকপা মচানা গঙ্গা মপান্দা লৈবা বারি-সম্বন্ধগী য়ুমদা লৈরিঙৈদা অর্জ্জুন্না লৌরম্বা য়াদবা করিসু লৈতে। উলুপীগী মচা ইলাবন্তগী লৈপাক্কা বভ্রবাহনগী লৈপাক্কসি য়াম্না নকনা লৈবগুম থোকহল্লিবহু, হৌজিক্কী ভৌগলিক অবস্থা য়েংবদসু ফনা চাই; কহিমাদি মণিপুরগী গুমথৈদনি। (মহাভারতকী বারী অসি শুদে

হাইরদি অরেংবা মশামক্না হাইরম্মি, মহাভারতকী শরুক থরনা দেবলোকতা, থরনা গন্ধর্ব্ব লোক্তা য়েনথি হাইরম্মি। অছুনদি অরাৎপা রারী থরদি গন্ধর্ব্ব দেশ হাইরিবা মণিপুরদগী ফংবসু য়াই)।

হিমালয় চিংয়া ফাওবা সামুদ্রিক পদার্থ ফংই কলিকাতা অসিসু সমুদ্র মনুংদা লৈরম্মি, হৌজিক্কী মণিপুরসু সমুদ্র মনাক হাইবা য়াই।

লৈপাক অসি মণিপুর নত্তে জগন্নাথক্ষেত্রগী মাইকৈরোমদা, চিকাকোল নগরগী ময়াদা, মনফুর হাইবা বন্দর অমা লৈ, মত্থ মহেন্দ্র পর্ব্বতকা নকনৈ, পুরানগী মণিপুরছু ওইগনি হাইনা রাজমালাদা ইরি। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা থন্নবদদি অসিনি— অর্জ্জুন্না মহেন্দ্র পর্ব্বত য়োরগা ঐখোইগী লৈপাক অসি য়োরকপা ফাওবা মরক অসিদা কান্নবা রারী লৈতহুনা ইরমদবনি, ঐখোইনা অসুমবা ঙাংনবদা "মহাক বৃন্দাবন চৎলুই হাইবা, মরক্কী রারীদি হুন্দোকলম্ব গুম্বতনি।

কৈলাস বাবুগী রাজমালা পাবিরুবশিংনা মৈতৈগী হৌরকফমসি হিন্দু নত্তে গন্ধর্ব্বসু নত্তে ইনক নকনা উলঙ্গ ওইরম্বগী খুদমনচিংবা পিরি, হাইহুনা হঙ্গোইনৈ। মানা থিবা মুন্দহুনা তৌবনি মানা হাইরিবা কাল অছুগী মমাংদা মোষ্টরাংগী থোইবীনা শারম্বা ফী অছুদি সভা সমাজমকনা তমজনিংঙাই ওইরি; মহাক্না ইরিবা মিং-থানচিংব-ছুদি অর্থ ইলৌ লৌবা য়াদে, মরোল শেংদবা অঙাংমুবীদগী হুংহুনা ইরম্ব গুমই। পোংনিংথোগী মনাও শামলুংনা উরম্মি হাইবা ফীশেৎতবা খুন্দদি হৌজিক ফাওবা লৈরি; মৈতৈগী রা নত্তে, মণিপুরগী নোংপোক চিংথৈদা লৈবা পোংলম্বীগী রানি।

হিন্দুগী লাইনিংগা অমত্তা ওইবা, গন্ধর্ব্বনা পাল্লকত্রবদি মণিপুরদা হিন্দুগী দেব দেবীগী খুবম অমসুং মৈতৈগী অরিবা লোন্দা বৈদিক শব্দ ফংলোইদবনি। মুসলমান বাদশাহবু কিবনা মমাই খুমগ্রবা হিন্দু রমনিশিংনা মণিপুর য়ৌরগা মমাই হাংদোকল্লরিবা, হিন্দুস্থানগী ব্রাহ্মনশিংনা মণিপুর নিংথৌগী আশ্রয় লৌররিবা লমসিবু কৈলাস বাবুনা হিন্দুরাজ্য ওইরমদে কররম্না হাইনিংলিবা? পৃথিবী অসিদা শক-চু মান্নবা মতুংইন্না জাতি মঙা থাইরি। (১) অঙৌবা —কোকেসিয়ান, (২) নাপু— মঙ্গোলিয়ান (৩) অমুবা—নেগ্রো, (৪) রাঙথাংনবা—মালয়, (৫) অঙাংবা— অমেরিকান। শকচুদি— মৈতৈসি মঙ্গোলিয়াননি। ভারত ইতিহাসতা আর্য্যশিংনা লম শন্দোকপসি বঙ্গদেশগী মথাথংবা কলিঙ্গ য়োরম্নি হাই। মৈতৈসি মপানা আর্য্য; মমানা মঙ্গোলিয়ান্নি হাইনা খনবসু য়াওই। কলিঙ্গদগী মণিপুর য়ৌরকপসু য়াই।

* (ক) সংস্কৃত লোন অসিবু দেবভাষা কৌরি; হিন্দুগী লোন পুম্নমক সংস্কৃতগীনি হাই। ব্রহ্মাগী চতুর্ম্মুখদগী চতুর্ব্বেদ থোকলি, বেদগী লোন অসি সংস্কৃতনি, অদুনদি ব্রহ্মাগী লোন অসি সংস্কৃত ওইবা তাই। ব্রহ্মাগী "কান্তি" মঙান্দগী গন্ধর্ব্ব পোকই, লোনসু ব্রহ্মাগী লোন্দগী মঙাল মশা ওইনতা লৈবা য়াই, মৈতৈ পুরানদা গুরুগী মমি তমহুনা মী শাখি হাইরি, অদুনদি গন্ধর্ব্বগী মপোক্কা মওা অমওনি, মরম অদুনদি গন্ধর্ব্বগী বংশনি হাইরিবা মৈতৈগী লোন অসিন সংস্কৃতকী মঙান ওইনতা থোকলিবা মরম অদুননি।

---

*ভারতবর্ষগী লোন পুম্নমক্কগী সংস্কৃতপু লেখ্যভাষা ওইনা শেমলকপনি খনবা পণ্ডিতসু য়াওরি (ভারতবর্ষপত্র, ৪ র্থবর্ষ, ২ য়খণ্ড,

৪ র্থসংখ্যা) মৈতৈ নিংথৌশিংগী মিং অসি গন্ধর্ব্বগী মিংদা জাৎনি, সংস্কৃতকী মিংথোনগা তিম্নদবগী মরমদি, লণ্ডনবু ভারতবাসিনা বিলাত, রেডসিবু লোহিত সাগর, অমসুং ভারতবর্ষবু সাহেবনা ইণ্ডিয়া অসিনচিংবা মাগী মাগী লোনগী মুংঙাইনবা মিংদা য়েংদুনা থোল্লি, অদুগুমদুনা মণিপুরগী গন্ধর্ব্বশিংগী মিংসু ভারত রামায়নদা মথোইগী লোনগী মতা য়েংদুনা থোল্লম্মি। পাখংবগী কান্দগীদি গন্ধর্ব্ব লোনগী মিং অদুম চৎলকলে; অসুম্না থনবসু লান্দে। সংস্কৃত = শেংদোকলবা।

## শব্দার্থ।

কংলা— কং (কংননব') + ল' (লাবা=ফৌবা)। পুরানবার-শিংনা হাই— পাখংবনা, তুরেন্দা তাওথরকপা শল অমা লোকুনা মফম অসিদা মবুন্দ্ কংননবা ফৌই হাইবগী মফম অসিবু কংলা থোনখি। মসিদা লৈরিবা শুকং অসি ফুনকত্রিবা কুইরে, মসিদগী থোরকপা লৈমুংগী মুংশিং অদু চু চেল্লি. মাসিবু তাওরোইনাই হাইবা লীন অদুগী স্বর হোনফমনি হাইনবি; মসিদা চংদুনা বভ্রবাহন্না পাতান্দগী মণি পুখৎলবই হাইবদা রাতা চাই, মণিদু লীনগী মতোকতগীনি হাইরি।

বিন্দু সরোবর— বিন্দু (মুংজেংমকুপ) + সরোবর (পুকুর= পুখ্রি) মমাংঙৈদগী ফৌনা মৈতৈ নিংথৌনা ফম্বান কাবা কান্দা মসিদগী থাতু মকুপ লৌখৎতুনা হি য়াই ওইনা খুৎলাই শাবদা হাপনৈ। কুইরবা পুখ্রিনি, থক ফুনবা লৈতে, মমাংঙৈদা মাসিদগী

হেন্না চাওরমলগা য়ুহারাবদা পিকশিল্লকপনি হাইবস্মু য়াই। হৌজিক সরকারনা মচি অমা ফুল্লে, অতোপ্পা ময়া অমদা অতুম মফাওই। চক— হরিচক' হয়াচক, খুন্নুংচক, লাংবচক ( সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি )। খং— অতিয়া [ খং (অতিয়াবু) × গোণ (কোল্লিবা)— খঙ্গোন— (বায়ুমণ্ডল) নুংশিৎ ]। নোংল্লম— মুমিংকী বীর্য্য।

---

৪। মণিপুরদা গুপ্ত কামখ্যাধাম অমস্তুং শিবগী খুবম লৈরিবদি মমাংঙৈগী মৈতৈনা হিন্দু ওইরকপগী প্রমাণ্নি, শগোলমাং, শগোলবন হাইবসি অর্জুন্না লাকঙৈগীনি, বভ্রুবাহন্না পাতান চংফমহু কংলাগী শুকং অসিনি ; ভারতবর্ষগা পূর্ব্ব উপদ্বিপকা লোন্নবা অসিদা চিংশাং অমনা ভুবং খুংনপকী মতৌগুম লৈরি, মণিপুরাস মাহুগী মথক্তা লৈ হাইবগী মেথলি দেশ কৌনরি। থাইনগী মণিপুরহু মেখলি দেশ ওইবা য়াদে হাইবস্মু লৈতে। অর্জুন্না লাইগী কন্যা অনি কল্লম্বা পুখ্রি "বিন্দুসরোবর" অহু নুংজেং পুখ্রি অসিনি হাইনৈ, মাসি শান্তদাস মহাপুরুষনা খুদম চাংদম যেংবদস্তু চুম্মি হাইখি। গন্ধর্ব্ব দেশদা কোকিল লৈতে হাইবহু কবিগী কল্পনা ওইরবস্তু, হৌজিক মণিপুরদা কোকিল লৈতে।

৫। লৈপাক লোন্নবা অমস্তুং মনুংগী খুদমসি য়েংবদা পুরানগী মণিপুরহু অসিনি লেপ্পরি। মমাংঙৈগী মৈতৈশিংনা নিংলম্বা লাইদি বৈদিকা কান্দা আয্যাশিংনা প্রকৃতিগী অঙকপা নিংথিবা পুন্নমক খুরম্বগুম খুরমনরমমি। ধর্ম্মগী মরমদা থাজবদি পুক্নিং অমস্তুং হকচাং মনুংশেংবহু অশেংবনি, মাং তুং নাইদনা মুঙাইনবা পথাপতু ধর্ম্মনি হাইনৈ।

৬। মৈতৈগী লাইরিক ময়েকসু নাগরি ময়েক্কী লৌবনি, লোনসু সংস্কৃত্তগীনি। ওঁ অমসুং গুরুনচিংবা বৈদিক শব্দদি অদুম মরৈ, যুগতগী-চক, মন্ত্র-মহৈ, পুরান-পুয়া, স্বর্ণ-সনা, রৌপ্য-লুপা, খং খং, মনু নমু, কিম-করি, কৌমার-কৌরু, তাত-তোন, বস্ত্র-পশোৎ, সৃষ্টি-শেম্বা, মৃৎ-মালেম, সংহার-শিবা, রণ-লান, মানব-মী, তৃণ-তিংখৌ, প্রবাদ-পাওরৌ, টঙ্কা-তাঙ্গা অসিনচিংবা শব্দসি সংস্কৃত্তগী ওস্থোকপদনি।

হৌজিমক— গ্রেভেলিয়াবু-কাবুলিয়া, কেরোসিনবু-তেরেশিং অসুম্ন ওল্লি, অদুনদি মমাংডৈগী লোন থৈনরকপসিদা ঙকক্ষম লৈতে।

৭। মমাংডৈগী মণিপুরদা লৈরম্বা হিন্দুগী লোন অমসুং ধর্মগা হৌজিক্কী মণিপুরদা তৌনরিবগা য়েংনবদসু মাম্নরি। পেনা খোংবা, য়াকৈরোন শকপা, শেকপিন মথোন মাপন খানবা, রাজ সম্পাদন-চিংবা য়েংবদসু পশ্চিমাগী হিন্দু নিংথৌশিংগা কাইদা তিম্নৈ, লুপী-নহাগী শাজৎসু ফনা মাম্নবা য়াওই বভ্রুবাহনগী প্রজা ওইরম্মি হাইবদা মৈতৈশিংসি ফনা চাই। মহাদেবনা লাই হরাওবদা অনন্তনা মণিপুরকই হাইদুনা মণিপুর থোনখিসু হাই। বভ্রুবাহন্না পাতালদগী মণিপুরকই হাইবগী লৈপাক অসিবু মণিপুর কৌখি।

---

অহানবদা ভারত রামায়নগী মতম লেপচখিগে ;
মতুংদা মৈতৈগী নিংথৌরোন তাজরক্কে।

## শ্রীমদ্ভাগবত

১। যাব্য পরীক্ষিতো জন্ম যাবন্নন্দাভিষেচনম।
এতদ্বর্ষসহস্রং চশতং পঞ্চদশত্তরম ॥

পরীক্ষিতনা পোকপদগী মগধনিংথৌ মহাপদ্মনন্দগী রাজ্যাভিষেক ফাওবা ১৫১০ চহি লাপনৈ। নন্দ অসিনা পানবদি ৪১২ খৃষ্টপূর্ব্বাব্দদনি। অদুনদি পরীক্ষিত্তগী খৃষ্ট ফাওবা ১৯২২ চহি লাপনৈ ; ভারতকী লান অসি খৃঃ গী ১৯২২ চহি মমাংদনি।

২। আর্য্যভট্টা পাঞ্জিনা হোৎপদা ৩১০২ খৃষ্ট পূর্ব্বাব্দ ১৮ ফেব্রুয়ারী মাঘী পূর্ণিমা ইরাই নুমিৎতগী কলি যুগ হৌই। ভাগবতকী মচি অমদা কৃষ্ণ স্বর্গারোহনদগী কলি হৌই হাই। অদুনদি ভারতকী লানসু অসিরাইদা অমুক থোকলে।

## স্কন্দপুরাণ

৩। ততোহপি ত্রিসহস্রেষু দশাধিক শতত্রেয়।
ভবিষ্যন্নন্দরাজঞ্চ চানক্যো যান হনিষ্যতি ॥

৩০০০—৩১০=২৬৯০ কল্যব্দ শুবদা নন্দ নিংথৌনা পাল্লি। অদুনদি কল্যব্দ ৩১০২—২৬৯০=৪১২ খৃষ্টপুর্ব্ব, মথক্কী ৱারী অসিগা চানরি। অদুওইরবদি শ্রীমদ্ভাগবত্তা ভারতকী মতম অনি থোক্লা লেংলে, কদাইনা চুমগনি ?

৪। বরাহ মিহিরগী মত তদি ২৪৪৮ খৃষ্ট পুর্ব্বাব্দদা মহাভারত শোকনৈ। কাশ্মীরগী ইতিহাস রাজতরঙ্গিনীদা কলিগী চহি ৬৫৩ শুরগা পাণ্ডব পোকই হাই। অতুনদি ৩১০২—৬৫৩=২৪৪৯ খৃষ্ট পুর্ব্বাব্দদা পাণ্ডব পোকই, বরাহগী "মত"কা মান্নরি।

## বিষ্ণুপুরাণ

৫। যাবৎ পরীক্ষিতো জন্ম যাবন্নন্দাভিষেচনম।
এতদ্বর্ষসহস্রং তু জ্ঞেয়ং পঞ্চদশোত্তরম॥

বিষ্ণু পুরাণদদি— পরীক্ষিত পোকপদগী নন্দগী রাজ্যাভিষেক ফাওবা ১০১৫ চহি লাপনৈ, বায়ু পুরানগসু মানৈ, মস্য পুরানদদি ১০১৫ চহি লাপনৈ। পুরাণগী "মত" থৈনবা মরম অসিনা সূর্য্য-সিদ্ধান্তদগী লৌতুনা ভারতকী লান অসি ১৫৯০ খৃঃ পুঃ দা লেপ্লে, হৌজিক্কি ৩৫০৭ চহি শুরে।

৬। রাম রাবনগী লানদি, লঙ্কাগী ইতিহাস রাজাবলিদা বুদ্ধ-দেবনা যুমদগী থোকপা ১৮৪৪ চহি মমাংদনি হাই। মহারাজ অশোককী শিলা লিপি যেংলগা ৫২৮ খৃঃগী মমাংদা বুদ্ধনা যুমদগী থোকই হাইবা খংই। অতুনদি খৃষ্টগী ২৩৭২ চহি মমাংদ রাম বাবনগী লান ওইবা তারে। বিষ্ণুপুরাণদা— রামদি অযোধ্যাগী য়াংখৈ তরুক শুবা নিংথৌনি হাই। অযোধ্যাগী মবিফুতরুক শুবা নিংথৌ বৃহদ্বলবুদি ভারত্তা অভিমন্যুনা হাৎখি। মরক্কী নিংথৌ কুন্থ্রা অসিনা চহি ৭৮২ পানবদি মতাসু চাই। রামায়নগী মতমসি মৈতৈনা-হয়াচক কৌই।

পৌরানিক মতমদা

## মণিপুরগী নিংথৌরোন।

ব্রহ্মান্দা পুরান লেংবা কাল অসি, আর্য্যশিংনা পঞ্জাবতগী কয়া লাপলকত্রিঙৈগী মাল্লি; কাল অতুদা মণিপুর অসি পন্ধব্বনা পাল্লি। রামায়নগী তুংদদি চিত্রকেতু, শিখোরোগদা, চিত্রধ্বজ, চিত্রবির্য্য, চিত্রশবর্ব্বা, চিত্রব্রহ্মা, চিত্রভানু, হাইবা গন্ধর্ব্ব নিংথৌ তরেৎ মিং ফংই। অতুদগী বভ্রুবাহন্না পাল্লে; ভারত্তদি বভ্রুবাহনগী মচা পোকইস্নু হাইদে, পোক্তেস্নু হাইদে, অতুনদি রারিসি চিথরম্বস্নু থংদে।

মতু মমৈ হুগৎপা য়েনবারাবা জাত অমা লৈ, মাতু চাশং মৈথাবা কান্দা, ভীম্না ফুরিৎখাওদগী পুথোকখিবনি হাইবা রাসি নেপালদা লৈবগুম, বভ্রুবাহন্না মনালি লৌতুনা সুবাহু পোকই, সুবাহুন হেমপ্রভা লৌতুনা ধর্ম্মাঙ্গ পোকই; ধর্ম্মাঙ্গনা কেশীনি লৌতুনা হেমাঙ্গ পোকই, হেমাঙ্গগী মহারাণী ভানুমতিনা সূর্য্যগী কৃপাদগী "যবিষ্ঠ" পাখংবা পোকই হাইবসি ঐখোয়গী লাইরিক্তা ফংই।

নোংলুম অমা তাওরোই নাইনা উমলকপদা মীনা হুংলগা লৈরোন লৈফাইনৈ হাইবগী মফমতু পূলৈরোম্বা কৌনরি। নোংলুমতু য়াপিরোক্তা ইনুং হাওবা চনু ভানুমতিনা কোনবদা পোকত্রে, কংলাগী ময়াদা অমুক কোনবদদি পোকলৈ, মফমতু কোবশং কৌনরি, নোংদোন্দগী তারকই হাইতুনা নোংদা লাইরেন পাখংবা হাইনৈ। যীশুবু মপা য়াওদনা পোকই হাইবা, অমসুং গন্ধারীনা মচা চামবু

পিও ওইনা পোকই হাইবদা ঙকপগুম, পাখংবগী মপোকস্থু ঙকনৈ। অহিংনা মীওন মুংথিম্না তাওরোইনাই মশক লৌহুনা নোংথাংলৈমগী শায়োন লাইস্নাগা চিং-মানদা কোইনা শানরকলে, অস্থুম্না মতম কুইনা থুপখ্রিনৈঙেদা; লৈপাক অসি উমংলাইনা পান্দুনা, অমম্বা ইপাক্তা লুপ্পুনা লৈরমই। মমৈদা ২৯৬ শকাব্দগী কালেন থাংজা অহানবা মুমিৎ চপ য়ুংবদা পাখংবনা সনা ফম্বাল তোংলৈ। মহাভারতকী মতমদগী কাল অসি ফাওবদি ১৯৬৪ চহি লাপনৈ, পাখংবসি পুন্সিমাল্লি হাইনা বৈজ্ঞানিকশিংনা খনবা যাই; তৌইগুম্বস্থুং চহি কুন্থ্রা হৌথ্রে, ত্রৈলঙ্গ স্বামী হাইবহু চহি ২৮০ পুন্সিখি, হুজিকমক অসিগুম্বা মী য়াওরিবসিদা পাখংবদি ঐখোইনা লাইনি হাইরি; মাগী পুন্সিদা ঐখোইনা য়েৎনরুহুনা কান্নবা লৈতে। পাখংবদি লৈমুং লোনজ অরিবস্থু কৌই, লৈশেম নুংশেমনৈঙেদগী লৈপাক অসি মাগী অহুম মওইরক্লে হাইবা পূরানগী বা লৌহুনা মণিপুর অসি অহানবদা অনগ্নুনা পাল্লি হাইনৈ। তাওরোইনাইগী থবকস্থু অনম্নুগুমলি।

পন্দুপ অনিশুবা

## মৈতৈ।

১। সনামহি অমস্থুং পাখংবনচিংবা লাই তকুকথক, মৈতৈগী আদিপুরুষ ওইহুনা লৈরম্মি। মখোইনা লাইরেম্বী তরেৎতা মৈতৈ সলাই তরেৎসি পোকখি। শিষ্য হাইবা শব্দদগী শিখ হাইবা জাতিগী

নাম করণ তৌখিবগুম, শাখা হাইবা শব্দদগী সলাই থোকখি। নিংথৌজা, অঙোম, খুমন, চেংলৈ, লুৱাং, মোইৱাং খাবাঙানবা হাইবসি কাংবু অমত্তদগী "শাখা" মশা খাইদোকলকপনি। তরুক অসি আর্য্য ওইগদ্রা ?

২। পাখংবগী শ'দোং তাওরোইনাই হাইবা লীন অসিনা চৎপসি চাওথেক থেকই, মহাক্না মশক ওন্থোক্লুনা লৈরম্লবস্থু মমিংলুবা খায়াৎ ঙাংবা মীবু মুংশিংহনবা মতা অমত্তং তৌই; মমৈ চপতিংনা লৈ। মরম অদুনা মহাক্কী মমিংবু মৈতিং কৌই, পাখংবসি মৈতিংগী মবুংঙোনি হাইদুনা মৈদিঙু হাই. নিংথৌ হাইবসিদি প্রজাগীস্থু মবুংঙোনি, মরম অদুনা প্রস্থা সলাই তরেৎমকপু নিংথৌগী মিংদগী লৌদুনা মৈতৈ কৌনরি। মমৈতিংবা, মণি পুবা লীম্না পাল্লম্না মরিদগী লৈপাক অসিবু মণিপুর থোনখিবদা অমস্তুং মৈদিঙু ইবুঙোনা পাল্লম্বা লৈপাক্তা লৈরিবা ঐখোইবু মাগী নাম মতুংইন্না মৈতৈ হাইবদা তায়োনক্ষম কয়িস্থু লৈতে।

৩। পাখংবগী মচা, তেরা কৌবা অমনা, ছখাঙ কৌবিদা মচা অমা পোকই। অনিগী মিংদগী লৌদুনা মাবু তেখাও থোল্লি। মহাক্না আসাম লোই চল্লম্মি হাইদুনা লৈপাক্কুবু ঐখোইনা তেখাঙ হাইনরি। চেংলৈ শাখাগী লমলেকখাং কৌবনা "লোইবী" চিংদা কাদুনা "হাওরৈ" মাইগৈ ঙাকথ্রে; মাগী মচা মশুনা হাঙগী মপু ওইথ্রে. লোই হাইদুনা লৈরিবশিংসিদি মণিপুরগী আদিমবাসিনি ঐখোইগী ময়াং কৌবা অমনা কাছাড়দা পাল্লম্মি হাইবগী কাছাড়বু ময়াং কৌরি; তখেল কৌবা অমনা ত্রিপুরাদা জয় তৌরম্মি হাইদুনা তখেল হাইরগা

ত্রিপুরা থংনৈ। আভা কৌবা মফমদা ব্রহ্মাদেশগী কোন্নুং শারম্মি, লোন পৈনরকপদা অরা হাইরগা ব্রহ্মাদেশ থংনৈ মৈতৈগী পোং কৌবা অমনা ব্রহ্মাদেশকী শান লৈপ ক্তা নিংথৌওইদুনা পানখি, মরম অদুদগী শান লৈপাকপু পোং হাইরগা থংনৈ। অরাশিংসি অচানবদদি খোঙ্গুল হুকলমদে ; খৃষ্টিয় শতাব্দি ৮/৯ গী মন্নুংদা বৌধ ধর্ম্ম লৌই ; মরোনদা লাইরিক লেংই, খুংলাই শাবা হৈব্রে। মৈতৈনা লাইরিক ফংবদি মাসিগী মমাংদনি, তৌইগুম্বন্নুং থাগীশিংগী মতৌগুম মহৌশাগী ফীবম কয়া হোংদে।

## হৌজিক চৎলিবা মৈতৈগী ধর্ম্ম।

বঙ্গদেশতা হুসেনসাহনা পাল্লিডৈ, শকাব্দ ১৪০৭ শুবদা শ্রীচৈতন্য অবতার তৌখি। মাধ্বচার্য্য সম্প্রদায়গী মমিং চৎপা শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীগী শিষ্য শ্রীঈশ্বরপুরীদগী, শ্রীচৈতন্য প্রভুনা দীক্ষা ফংলগা বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোকখি ; অমসুং গৌরদেশদগী হৌদোকই হাইদুনা ধর্ম্মসিবু গৌড় ধর্ম্ম কৌনৈ। শ্রীচৈতন্যদগী শ্রীলোকনাথ গোস্বামী, শ্রীনরোত্তম মহাশয়, শ্রীগঙ্গানরায়ন চক্রবর্ত্তি, শ্রীকৃষ্ণচরন চক্রবর্ত্তি, শ্রীকুঞ্জবিহারী, শ্রীনিধিরামাচাযা ঠাকুর অমসুং শ্রীরামগোপাল বৈরাগী ফাওবসি মথং মথং শিষ্য ওইনরকই। শ্রীরামগোপালদগী ভাংবম কৃষ্ণদাস ঠাকুর, অধিকারী কামদেব ব্রজবাসি, অমসুং শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুর অদুমসিনা দীক্ষা ফংদুনা মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোকখি। পরমানন্দ ঠাকুরনা কার্ত্তা মহারাজগী গুরু ওই। নিংথৌ অসিনা মৈতৈবু গৌরধর্ম্ম, নরোত্তম বাড়ী, মাধবাচার্য্য পরিবারদা

পুসিনবিরম্মি। শ্রীখুৎনা চৎলম্বা ধর্ম্মগী মরু ওইবা থবক খরদং সমালোচনা তৌজরি, ইতৎতত্তনা জগৎকী য়াইফনবা হোৎনগনি, ঈশ্বরনিংনবগী পাম্বৈদি অসিতনি। জীবাত্মা অসিগা "রমনং" শাম্নরিবা পরমাত্মা ওইবা রাম জগৎকী তুংফম অমসুং নুঙাইফম ওইবা (কষ+ণ) কৃষ্ণ মাসিনা বীজমন্ত্রনি। ইশিংগী ধর্ম্মনা ইংবা, মৈগী ধর্ম্মনা শাবা, শাগী ধর্ম্মনা হিংসা, মীগী ধর্ম্মদি মবত্রবা প্রেমতনি। মৈদা মুল্লবা ফৌনা অমুক হৌদ্রবগুম ঐশ্বরিক প্রেমদা মুল্লবা বৈষ্ণবতি কর্ম্মফল চাদ্রে, নিস্কাম ধর্ম্ম পামলে। নিস্কাম— অরেপ্পা থিবা, সকাম= লেপ্তবা ময়াদা তাওবা। বৈষ্ণবনা দয়াদি খংই, ময়াখি খংদে,— লম্না, পাঙ্গলনা, য়াথংনা মীগী অৱাবা কোকপিবগী মমিং দয়া কৌই; মীনা নুংশিবিবা অমসুং নিংথিবদা পুকনিং শুম্মাংখিবগী মমিং মায়া কৌই। জীবাত্মা অমসুং গুণময়া "প্রকৃতি" দগী প্রেমামৃত চুপকনি (মাসিগী শুগায়বা হিরমদি অতোপ্পা লাইরিক্তা ইজরক্কে)। সাধক দেহগী ভাব লৌহুনা নিংথিনা শেৎ চাগনি, যোগীশিংনা হকচাং অসিদি উৎ-ওইগদবনি হাইনা ঈদিদা খনবহু মপান্দা উৎতুনা শম্থিউৎ তৈবগুম, বৈষ্ণবনা শিরগা শ্রী বৃন্দাবন য়োঁজগে নিংবদগী মপান্দা উৎতুনা গোপীচন্দন শ্যামবন্ধিনীনচিংবা লাইবক্তা থিম্নরি। বিরাজমান ভজন্না কাওদনবগী অথোইবা পাম্বৈনি খল্লি। মৈতৈগী পুকনিং অমসুং হকচাংগী মপু ওই হাইহুনা প্রজানা নিংথৌ অসিবু কাত্তা থোল্লি। খুংনাংখোম্বা, জয়াসিং, চিংথংখোম্বা, ভাগ্যচন্দ্র হাইবসি কার্ত্তাগী নাম ঙাকনি।

## শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ।

শ্রীভাগ্যচন্দ্রগী ৱারি মপুংদি ২ য়ুথগুদা ইজরি—

কাঞ্চিপুর (লংথবান্দা) কোন্নুং শারগা পোইন্নু হুমনি পানবা ইরাই নুমিত্তা শ্রীযুৎনা ভাস্বমুথদা থৈবোংফংলে, থৈবোংত্রু অহানবা য়ান্বদা, ঈ থোকলত্নুনা শ্রীযুংকী কোবথোন্না নপথোকলগা পূজা তৌত্নুনা ফুকই। শ্রীযুৎনা হরাওত্নুনা কাইনদা তারস্বা পাংঙস্বম য়ুমনাকপু, থৌগল অরা অনা কোকপিরম্মি। শ্রীগোবিন্দ কৃপা ফংই, য়াইফৈ হাইবগী প্রজানা নিংথৌশিবু ভাগ্যচন্দ্র কৌনরি। শ্রীযুৎকী স্বপন্দা ফাওবা শ্রীরূপ অমস্তুং বেশগী মতুংইন্না— শকাব্দা ১৬৯১ শুবদা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌই, অমস্তুং চহিসিগী হিয়াংগৈ তরানিথোইনি পানবদা রাস কৎলি, মচা ইবেম্ম শিজনা রাধিকা শাই। অনুভাব অসি উবদা শ্রীযুৎপু সাধু বৈষ্ণব থিবিক্লা থাগৎনরি। শ্রীবিজয় গোবিন্দ, শ্রীগোবিন্দ, গোপীনাথ অমস্তুং বিষ্ণুপুরগী অদ্বৈতপ্রভু মরিসি থৈবোংত্নুদগীনি। নিংথৌথোং নিঙোল কেশোরী কৌবিনা পোকপা মজাইবুংঙো আনন্দরামদা শ্রীযুৎনা গোপীনাথসি পিরগা কালরাজ উপাধি পিত্নুনা নিংথৌথোংদা পাহ্লনখি। শ্রীগোবিন্দা নিরূপন কান্দা থুংবোং চন্দ্রসিদ্ধান্তবু পাঞ্জি হোৎনবা লাইরিক অমা শেম্মাল্লি মমিং চন্দ্রাব্দ থোল্লি।

(পন্দুপ অহুম-শুবা)

# মৈতৈ পুবানগী লাই

১। রোমান ক্যাথলিক চর্চ্চ অমসুং হিন্দুগী কাশিনচিংবা তীর্থস্থানদা দেবদেবী মযাম লৈবগুম মণিপুরদসু লাই ময়াম নোংমাইজিং (নীলকণ্ঠগিরি), কৌব্রু (কৌমার পর্ব্বত), হিয়াংপাং চিং (স্থিরাচল) মফম অহুম অসি শিব দুর্গাগী অথোইবা থুবম্নি, পাখংবা (বিষ্ণুর অমতাব) লিশিং (সহস্রশীষ), সনামহি (ফনীন্দ্রনাথ), পাখংবা (বিষ্ণুর অমতাব) অহুম অসি মৈতৈগী অথোইবা লাইনি, তৌইগুম্বসুং মৈতৈ জ্ঞানিশিংদি অদ্বৈতবাদীনি অমদি ঈশ্বরবু ওঁগুরু হাইনা থুবমই।

২। বিক্রমাদিত্যগী তাল বেতালগুম, মৈতৈগী তাওরোইনাই হাইবা লীনগী শাযোনথোক তরেৎথক মমিং চৎলি। ঋারী অমা লৈ— মণিপুরগী খা নোংচুপ পাংবা চীংদা মেন্দে হাইবা খুল অমা লৈ, খুল্লাকপদুগী ফুঙ্গা ল ইকদা লীন অমা ফাওবদা মানা লংনকরে, অদুদগী চিং অদু বিস্থহন্দুনা লৈমতা তুরেন থিংগ্রে। মোইরাংলোমদা ঈশিং হাজিল্লক্লুনা মণিপুর অসি ইরিথ্রবদা সমুদ্রদগী মৈনাকপর্ব্বত ফাওগৎলকপগুম নোংমাইজিং অসি ফাওগৎলকই। ইহান হানবদা শিবনা মাসিদা ফোংহ, শিবনা ঈশিং অসি মথা মাইগৈদা চিং নুংহুৎ হাইদুনা ইরম শেনপ্রে, লৈমতাক ইরম ফাংগ্রে। অদুদগী মৈতৈনা ঋাহৈ অসি হাইদুনা থুরমই—

সেলোই তগুপ পুরৈচিং, সেজিং চি নুংপোক<br>
খোইযুম নোংপোক অরিবা।

ঈশিং কংথরক্লবদা মোইরাং মাইগৈগী চিংজেং অমগী উকারক্তা ঙারা অমা চপ্পুনা লৈরম্মি হাইবগী লম অদুবু ঙারা চিংজেল থোল্লি। নোংচুপ থংবা চিংজেলদা ঙাপ্রুম ময়াম কারকই হাইডুনা মফমদু ঙাপ্রুম চিংজেল থোল্লি। লৈপাক কংবদি থিঙ্গ চিং (ইম্ফাল কোন্নুং) অসিনা হাল্লি হাইডুনা কংলৈ মপুংযাই কৌনরি।

৩। অদুদগী, শিবনা কৌব্রুরোমদগী হৌডুনা থুন্তাবা হৌরকই। ময়ম অদুদগী মহাকপু ব্রাহৈ অসি হাইদুনা খুরুমনৈ—

অৱাং কৌব্রু অস্থপ্পা, লোইনাই থুন্দা অহানবা।

চারিক মপান থাবিবা, নোংথৈ মউ লিংবিবা।

অদুদগী শিবনা উমংলাই হুম্ফুমরি লিংখৎতুনা জগোই ইশৈ হৌরে। ইশৈদুগী মরক্তা মথাগী অসি য়াওই।

* মহাদেবনা হাই—

"হেরিলো লীলা, হেরিলা হেরিলা ;
হায়ুতে খুলাইতে, হৈয়াহে হৈয়াহে ,
অসিবু থোইনা হরাওবা লৈবনি ,
হৌ হে হৌ হৈয়ানগেদা।"

মাসিগী 'ভাব'র্থ'দ" মাসিগী মথক্তা ঈশ্বরগী নিত্য লীলা লৈরি, হাই। (খোয়ুম মহাদেব)

---

| | |
|---|---|
| * হে ........ মুংঙাইৱা খুদম। | হৈয়াহে .... .... হরিহে। |
| রিলো ........ ভৌরো। | হৌ ... .... হৌরো। |
| হায়ুত .. .... হাইয়ু দে। | হৈয়ানগেদা ... পোথানগেদা। |
| লাইতে .... খুংলাইনি দে। | হেরিলা .... .... মুঙাইরে। |

## অনিশুবা শরুক
### ( অহানবা পন্দুপ )
### গৌরধর্ম্ম ফংদ্রিবৈগী মমাংদা
### মৈতৈনা ওইরম্বা অবস্থা।

মীগী মপুন্সি নাইবগুম পৃথিবীসু মপুন্সি লৈ, মীনা নহা ওইরিবৈদা ঈ খেবগুম; পৃথিবীনা নৌরিবৈদি মথক্তা পোকপা মীসু পুন্সিরমই। পাঙ্গল কল্লম্মি হাইবদা য়ানিংই। পৃথিনা অহল ওইরবা কালদা পোকলিবা ঐখোইগী পাঙ্গল হল্লে, লৌশিংদি অহনগী মতৌ ওইরে হাইবা য়াই। মমাংবৈদদি পুরাণগী বাতদা তোংলম্মি, হৌজিক্তি ইতিহাস পাবনা নমলে। কাল অমদা য়াম্না কিনরম্বা লাইফম তিনফমগী বা হৌজিক্তি ফনা কোকলকলে পোংকী গুণনা হেঞ্জিল্লক্লে। মরম অদুনা পুরান্দগী হৌজিক ফীদম লৌবা য়াগদবা বাহৈ খরদং শংচরি। মতম কুইনা লৈপাক নিংথৌ বাইরুরবদগী মরক অমা মণিপুর অসি পংলুরে হাইবা প্রমাণ ফংই।

ফিদমনিংঙাই ওইবা নিংথৌশিং :—

১। শকাব্দ— ২৯৬, পাখংবনা পাল্লগা সমাজ লিংই।

২। শকাব্দা— ৪০৬, খুয়োই তোমপোকনা পাল্লগা পুং ভিংবা হৌই।

৩। শকাব্দা— ৪৯৬, তাওথিংমাংনা পাল্লগা তু-খোং শেংই।

৪। শকাব্দা— ৫৭১, খুইনিংঙোম্বনা পাল্লগা উয়ান-বায়োন মুমশা-কৈশা ফজবা হৌদোকই।

৫। শকাব্দ - ৬৯৬, নাওফোংবনা কংলাগী য়ুমশাবা হৌই।

৬। শকাব্দা — ৮৩৮, কৈরাঞ্চানা কৈরোই ফুংগা লিংবহৌই চফু চনাই ফজবা পুথোকই।

৭। শকাব্দা— ৭৫১, নাওথিংখোংগী কালদা লৈপাক অসি কাইরুরবদগী পোইরৈতোন কৌবা নিপা অমনা থুন্দাবা লেৈই, মাছুবু পোইরৈতোন থুন্দাবপা হাইনা মমিং চংলি, মাগী মিংদগী লৌচ্চনা, লৈপাক অসিগী মমিং পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক কৌরম্মি।

৮। শকাব্দা— ৮৭১, য়ারবগী হাক্তক্তা লোইলমগী মকোক হাপই।

৯। শকাব্দা — ৯৪৯ য়ালৌকৈফাবগী কালদা শা কৈ তান্দুনা লম শন্দোকই।

১০। শকাব্দ— ১০৪৯ দা লোয়ম্বনা পাল্লগা থম্বা-থোইবী পোকই। কাল অসিদগী ঔগ্রিহঙ্গেল ( থাবল চোংবা ) হৌই।

১১। শকাব্দা-- ১০৭৬, লোইতোংবগী কান্দা কাং শান্নবা থুং থানবা হৌদোকই।

১২। শকাব্দা— ১৩৬৬, ক্যাম্বাগী কালদা নহারুপ-অহললুপ পালা লিংই, মৈতৈনা কবো অমসুং কাছাড় লোইচল্লম্মি, হৈথারোল পুথোকই শকাব্দা ৮৫প হৌই।

১৩। শকাব্দা— ১৫২০, খাগেম্বা হাক্তক্তা মুংজেং পুখ্রিদগী থাং খোবোম্বা অমসুং থংগুনা তা হাইবা থুংলাই অসি ফংই, খাগীদগী থোরকপা মীচাবা হাইবা অমনা লান

হৌরকপদা খুলাইহুনা হাংখি। ময়াং নিংথৌগী শাম্ন ৬০, নোংমৈ ১০০ লাম্নী ১০০০ ফাই ময়াংনিংথৌ মাইথিহল্লি। থাং শাবা, কোন শাবা, খুৎ-হৈবা, শাম্ন শেনবা, শগোল শেনবা ময়াম ফাহুনা মণিপুরদা খুন্দাহল্লি। পাঙন ময়ামগী লোইশং অমা লিংহল্লি, মণিপুরগী পাঙল (মুসলমান) অসি শকাব্দ ১৫২০ অসিরাইদগীনি। কৈথেল ১০ লিংখৎলি, কৈথেল অচৌবসি অহানবদা কংলা ময়াদা কারম্মি, নিংথৌ অসিনা শেম্লম্বা লম্বি খাগেম্বা পল্লি হাইহুনা হৌজিক ফাওবা মমিং চৎলি।

১৪। শকাব্দা— ১৬১৯, চরাইরোংবগী কান্দা মণিপুর অসি নিমান্দি ধর্ম্ম চৎলি। তুরেল লুকোই চুমথোক্লুনা কোন্নুং ফজহল্লি অশোক মহারাজগী মতৌগুম্ন রায়েল থৌদা পুম্নমক মুংদা লাইরিক ইহুনা প্রজাবু থংহল্লি। হৌজিকসু ককচিংনচিংবা মফম খরদা মাহুগী খুদম উরি। অয়াম্বদি সরকারনা লম্বী শেম্বদা য়াওপ্রে।

১৫। শকাব্দা— ১৬৩১, মজাইবুংঙো গরিবনিরাজনা পাল্লগা রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোকলে, শ্রীহট্টদগী শান্তদাস কৌবা গোসাই অমদা গুরু ওই। বাংলৈকাইগী পুখ্রি অচৌবা তৌবা রামজি প্রভু অমসুং হনুমাণ ঠাকুর ফোংবা নিংথৌ অসিগী সনা হাক্তকতনি।

---

* গরিবনিরাজ অসিনা গর্ভদা লৈরিঙৈদা দৈবজ্ঞ অমনা মপাবুং চরাইরোংবদা হাই— "হন্দক্কি অঙাং অসি মাংহনবনা ফগনি,

মহারাজদা যোল্লবা তারে।" বা অসি তাবদগী মহারাণীনা খুজিন তৌদুনা নিংথৌ খংহন্দনা অঙাং পোকলগা থঙ্গাল হাওখুন্দা থৈখি, নিংথৌদদি ইতুম অমা পোকলে হাইদুনা হঙ্গৎলি, রাজপুতকী উদয়-সিংগী বারীগুম নিংথৌমচা অসিগী বারীসু শাংখ্রে। মমৈদা চরাই-রোংবনা থঙ্গান্দা লেংবদা অঙাং অসি পামদুনা পুরকই অদুদগী মমিং পামহৈবা থোনখি, মনাই হাওমচা অনি পুরকই মখোইগী হাক্তকতগী হাওমচা লোইশং লিংখি।

চরাইরোংবসি নোংমা তাক্লখাদা থমচেৎ চাবা লেঙই, মাদুদা পাথংবা মথি ফোংলম্নগা ইশিং মনুংদা পুরুক পুকক শৌদুনা লৈখ্রে, মফমদু হৌজিক ফাওবা পুকক শোবী কৌনরি। মাদুদগী হল্লকপা থুংলং তরেৎনি লৈরগা হুরুক হাংখুন্দা লেংবদগী খোংনাং মখোংদা পাম্থারিবৈদা থক্কী তেন্না (ব্রজনা) থাদুনা খোংনাং থাইবোক তাই, নেশাদুনা নিংথৌ বাম্থরিবৈদা, খুরক্কা ইনা লাই শাদুনা নিংথৌ লেংগাখি। অদুদগী পামহৈবনা সনা ফম্নাম কারে প্রজানা মহাকপু কারিগুম্নদগী নাবা অমা লাকুনা নিংথৌ ওইরৈ হাইবদগী গরিবনিবাজ থোনখি। ( কৈলাস বাবুগী রাজমালাদা মাসিবু মুসলমান লোনগুম পুথোকখিবদুদি মানা বারীসি থংদদুনা মপুক থোক্লা শেলম্নি। )

( পন্দুপ অনিশুবা )

# কার্ত্তা অমসুং নরসিংহ বংশ।

নিংথৌরেন গরিবনিৱাজগী মচা তরেৎ পোকলম্মি, ময়াম্না গুণসু চেন্নবা খ্বাইগী অহল শ্যামশাইদা লৈপাক পীগে তৌরকপদা, দশরথনা কৈকয়ীগী মফমদা বর পীগে হাইনা ৱাশকখিবগুম, মচানিপা ময়াইমা জীৎশাইগী মমাদা ৱাশকখিবা অমা লৈদুনা জীৎশাইবু ফম্বাল কাহনখ্রে। ঈশিং ইরেলগুম শুক্লবা শ্যামশাইদি খুরাই লাকপদা মৱোই, পুন্সি চুপ্পা মপাবুংগী থৌগল ইন্দুনা লৈখি। জীৎশাই অসি মপাবুংদা ভক্তি ৱাৎখি মাদু উবদা প্রজানা মহাকপু নিংথৌগী সন্না ইনি হাইনিংখিদে।

গরিবনিৱাজ অসি অৱারোমদা লেংবদা তোম্ফাংহিথাখেল নিংথি তুরেলদা নোংশা থৱাই মাংখি, শ্যামশাইসু নিংথিদা চোংথদুনা অতুম থৌগল ইনখ্রে।

চন্দ্রবংশদা কুরু অমসুং পাণ্ডব হাইদুনা কাংবু অনি খাইবগুম পাখংবগী বংশ অসি গরিবনিৱাজগী মশু হাক্তক্তা কার্ত্তা অমসুং নরসিংহ বংশ হাইদুনা অনি থোকখ্রে। শ্যামশাইনা মোরাম্বা অমসুং কার্ত্তা হাইবা মচা অনি পোকলম্মি। কার্ত্তানা অমুক লাবন্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র, চৌরজিৎ, মারজিৎ অমসুং গম্ভীরসিংহ হাইবা মচা মঙা পোকলম্মি। মখোই অসি ঙম্না নিংথৌ ওই, মখোইসিগী থারবু কার্ত্তা-বংশ হাইনা মমিং চৎলি। শ্যামশাইগী মনাও ইবুংঙো ভৌরাম-শাইনা ভদ্রসিংহ মহারাজ পোকই, ভদ্রসিংহনা নরসিংহ মহারাজ পোকই, মহাক্কী মজাইবুংঙো শ্রীযুক্ত ভুবনসিংহ যুবরাজনা শ্রীযুক্ত ডুম্ব্রুসিংহ পোকই অমসুং শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজ পোকই।

---

# মৈতৈগী শিল্প (খুৎ-শা হৈবা)

১। মণিপুর রাজবংশ অসি রাজপুত জাতিগী মতৌগুম জাতি মশেন খৎনরিবৈদা শিল্পগী রাখল তৌবা উমলমদে। পাঙ্গিনা নিংথৌ মচাবু রাজভোগ লৈ, মীচম্বু পজেং ফিরান থেৎলু হাইবা লৈ, হাইনা হিথৌবদগীসু নিংথৌ শেম্মরকই। লৈপাক ইরাং হৌবসি শাস্ত্র ব্যাখাগী মতুংসু ইল্লি। পাঙ্গিনা হাইরিবা অসিগী অর্থদি— "তন্দ্রবদি মমিং চৎকনি মীচম নত্তে" হাইবতনি; (রাজ শব্দ শ্রেষ্ঠ বাচক)। "শব্দশিল্পী" লাইরিক লেংবা বঙ্কিম চন্দ্রবুসু সাহিত্য সম্রাট কৌনরি। রুশনিংথৌ পিটরনা দি গ্রেট হাইবা মিং ফংবত্তুমক শা-লান লোমদা নত্তে, মরৈপাক্তা শিল্প বিদ্যা চাওখৎহনবা মক্তনা ফংগ্রিবা মিংনি।

২। মহারাষ্ট্রীয়শিংনা লাইরিক তম্ববু মীশোনগী থবক্তি হাইনা খনবগুম নিপানা মোইথাপ লশিংগী থবক তৌবসি মৈতৈদা চোপই হাইনা খল্লবা উই।

৩। মমাংদৈদা বাঙ্গালিশিংনা কোনা মনাদা ইরন্দগুম মৈতৈনা রাচেৎ অমসুং আগবপাওতা ইথি, মমৈদা মৈতৈ চে পুথোকলে, তৌইগুম্বসুং হৌজিক ফাওবা মাতুদা ছাপা মযেক তাবদি য়াদ্রি।

৪। মণিপুরদা রবর, সজিমাটি ফংই, অমসুং রত্নাকরগী মশক ওইবা চিং ময়াম লৈরিবসিদগী অশিংবা ইনাকখুনবা মী অমনা খীরবদি মণিপুরসি জয়পুর লৈপাকগুম পৃথ্বী অসিগী মমুংদা লন-লৈবা লৈপাক অমনি হাইনা মমিং চৎকদবনি।

৫। মাইবগী মরমদি মৈতৈশু য়াম্না হোৎনরমই। পৃথ্বীগী মনুংদা পুক শুত্নুনা লাইয়েংবসিমা মৈতৈদনা হৌদোকই, লাইয়েং অসিদশু চহি চা; হেম্না পুন্সিবা য়াওই হিদাক লাংথকশু ফনা থংই।

## খৃষ্টীয় শতাব্দী ১৯/২০ গী মনুংদা মৈতৈলোনগী অবস্থা।

মৈতৈ নিংথৌশিং অসি মহারাষ্ট্রীয় জাতিশিংগী মতৌগুম লাইরিক কয়া থোংইদোদি হাইববু, আকবর বাদশাহগী মতৌগুম পণ্ডিতশিংগী মচিন্দগী বারি তারগ কর্ম্মপাণ্ডিত ওইনবদি হোৎনৈ। থাং তানচিংবদাদি রণজিৎ জাৎমক্তগীশু মৈতৈনা কুপশিনবা হেল্লি, তৌইগুম্বসুং শতাব্দী ৯ শুবদা মৈতৈনা মরোল নৈনগনি হাইবা কাউকই, মাসি ( শ্রীযুক্ত কান্ত মহারাজগী কান্দা পশ্চিমারোমদগী থোরকপা মৈতৈলোন থোক্তবা সাধু বৈষ্ণব খিবিকী পুক্লিং পেন্নবা থৌগন, তৌবদা মাখাইগী লোম্না শক-শোনখি, পঞ্জাবকী রনজীৎ-সিংহনা মম্মিৎ নাম তাংবহু কুপা কোয়েৎ য়েৎপহুতবু আজমীডনা পামহুনা মতৌ তম্নখি মাতুদগী হৌজিকফাওবা আজমীড় কোয়েৎ হাইহুনা নমুনা লৌনখিবগুম মৈতৈনা গোসাইশিংগী মতৌ তম্বদগী পাক হোংবা য়াখিদবতনি হৌজিক মাহু হোংবা দোষ করিশু লৈতে, ইরোম্না শক শোনবশু য়াই )।

খৃষ্টীয় শতাব্দী ২০ শুরবা অসিগী মন্নুংদা, শ্রীল শ্রীপঞ্চ যুক্ত মণিপুরেশ্বর শ্রীচূড়াচান্দ মহারাজগী স্না পুক্লিংদা মৈতৈলোন চাওথংবগী মরম খনবিছুনা প্রজাবু থংহনবিরে— [ মৈতৈগী ধর্ম্ম মপুংদি ইশৈনি, ইরোল্লা শকত্রিবা কন্নিনবো ? গৌরধর্ম্ম অসি লোন তিম্নদবা লৈপাক কয়া কয়ানা লৌরি, মফম খুদংনা ভাবতা মরোই, মৈতৈনা লোন ফাওবা তাংলি। মরোন থাদোকপা জাত অসি পৃথিসিদা অনি শুদ্রে।

( থংলাক লাকশিনমল্লবদি অস্থুম কোমথোকলকই )

সাধক অমস্থং সিদ্ধক দেহদা লৈবা আত্মানা পরমাত্মাগী মফম যৌরগা চেকশিল্লকলবদা হৃদি পদ্মদগী করি লোল্লা ঈশ্বরদা নিবেদণ তৌবগে ? পরমাত্মাদি জীব পুম্নমক্কী বেন্দ্রগী মশকনি। মৈতৈনা ঙাংলিবা লোন অসিবু ঈশ্বরগী লোননি। অঙাংগী লোন্দগী অহনগী লোল্লা হেনগংখিবগুম, জীবাত্মাগী লেন্দগী পরমাত্মাগী লোল্লা হেনখিবতনি। সংস্কৃত হাইবসিদি থাদোকপা য়াদে ঐখোইগীস্থ পিতৃ সত্বনি। তিনশিনবগী শমজিল্লকপদা পুরিবা, পাটীগনিতকী শমজিল্লকপদা বীজগনিত থোকখিবগুম, সনাতন ধর্ম্মদা বীজ-মন্ত্র ময়াম পুথোকলমলিবা সিদি হোংলুবগী কান্নবা লৈতে অতৈদি মৈতৈ লোল্লা তৌবা য়াই ]। বীজমন্ত্রগী খুদম—

ক্লীং ( ক+ল+ঈ+ং ) = [ ক (কৃষ্ণ) তাইবংপান অসিগী তুংনফম ওইবা, ল (ইন্দ্র অর্থাৎ পরমেশ্বর) = পুম্নমক্কী মপু ওইবা, ঈ (তুষ্টি) থাংগৈশেংনা পেম্নফম ওইবা, ং (দুঃখ হরনং) অবা-অনা কোকনফম ওইবা. ] মাসিগী অর্থ অস্থুম মরি চৎলি।

ওঁ (অ + উ + ম) = তাইবংশেম্বা, য়োকপা, চিংশিনবা। অসিনচিংবা।

---

# Out lines of the history of Manipur.

# মৈতৈ ইতিহাস চাওয়েং য়েংবা।

### অহুমশুবা শরুক

### (পন্দুপ অহানবা)

### হিরম উৎপা।

*History is a record of the doings of Civilized mankind in their progress towards the greatest of political and social blessings,— a rational Freedom of thought and action by Sanderson, M.A.*

রাজনীতি অমসুং সমাজগী য়াইফনবা অথোইবা হিরমদা, শিংলক্লবা মী খিবিক্লা চাওখৎলকপগী মতুংইন্না তৌরকপা পুন্নমক্তুগী পরিং অচুম্বা র'রীত্ত ইশিনবা লাইরিকপু ইতিহাস কৌই। মাসি রাখন অমসুং থবক তৌবদা পুক্নিং হোনা, মরম খংনা তৌনবগী অথোইবা পার্মে'নি। (স্যান্দরসন এম,এ,) পৃথিবী পুন্নমক্কী অপূনবা, ইতিহাসতদি -

"খাগীনা হৌজিকসু মমাংঙৈসু মচৈগী নাপন তৌরি, হিন্দুনা মমাংঙৈদগী হৌজিক ফাওবা মং মংলি। গ্রীকতি রাখন থল্লম্মি, খুৎশা হৈনিংবগী থিরম্মি, য়াইফনবা লম্বিতাকলি; রোমান্দি মীনি; লৈপাক লাকপগী মরম রাজনীতিদি মখোইদগী ফীদম লোনরম্মি" অসুম হাইনা ইরি। হৌজিক্তি মং মংবদা য়াওরিবা মৈতৈগী রাজনীতিন-চিংবা য়েংজরি।

**By—** *Parijat Singh*

---

## রাজনীতি।

মৈতৈগী রাযেল খোথাসি মমাংঙৈদগী হৌনা ইচ্ছাতন্ত্র (নিংথৌনা নিংবা মতুংইনবা) অমসুং প্রজাতন্ত্র (প্রজাগী ফৌরোই য়েংবা) পথাপ অনিসি য়েংনা য়েংনা চৎলকই। "নিংথৌ হাইবসি প্রজাগী প্রাণনি, প্রজাদি নিংথৌগী হকচাংনি নিংথৌগা প্রজাগা লিংজেন তিম্নদ্রগা পুক্নিং হকচাং তিম্নদবা মীগী মশক ওই। পুক্নিংতনা নোম্লবসু মওদা চেনবগুমই, ফীকম হোংদে। পুক্নিং হকচাং অনিমকনা তনগ্রবদি ঈশিং তিংবা চফু লৈহিংগুম কিস্তুনা মাংই। মবম অসিদগী পুকচেল চাওরবা ঐখোইগী শ্রীযুৎ ইবুঙোনা প্রজাবু লম খুদিংদা হৈশিংনবা শিনবিরি। মাসি ইতিহাসদা মুংলরোইদবনি।

---

## সমাজগী পথাপ।

### (১) জাত খাইবা।

কৈলাস বাবুগী বন্ডন লাদ মৈতৈগী নুপী অমনা য়ুম্নাক অহুম মখিল মচা মযাম পেংবলগা গোত্রদি মপা মপাতুগী মতুং ইল্লি, সমাজ-শস্ত্র অতুম মতিংঙ্গ অতুনদি মৈতৈগী ব্রাহ্মন ক্ষেত্রি বৈশ্য, শূদ্র জাত মরিসি ইযান যাম্না হাইনা বর্ণ সঙ্করগী ভাব উৎলি। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা চৎনবদি অসিনি — "বামন শংলবা নুপী; গোত্র তিন্নবা মশেন অমসুং মচিন মনাওনা লৌরম্লবা নুপী লৌবা য়ানদে, পথাপ অসি কাইরবা ময়াম লৈনবা হাংজোংপল হাইবা খুল তোপ্পা লৈ। মৈতৈ মনাও হাইবসি অচেৎপা সক্তি নি খল্লি, তৌইগুম্বসুং নহা ওইনা মপুরোইবনা ছন্দোকলবা নুপীতুবু পুন্সিচুপ্পা য়ুম পাল্লগা হাইবদি সমাজনা পুমকক ককপদি ফত্তে হাইনা খল্লি।"

"পৌরাণিক মতমদা, পরাশর মুনিনা সত্যবতী (মীনগন্ধ) দা ব্যাস পোকই, সত্যবতী অসিনা অমুক শান্তনুগী মচাস্থ পোকলরি ; দ্রৌপদীনা পাণ্ডব মঙাগী মচা মঙা পোকই, অমসুং মমাংগৈদা নুপীনা মচা পোকত্রগা, অতোপ্পা নিপাদগী মচা নিবা য়াই হাইবা পথাপ্পুগী কৎতবা ফীদম ওইনা অমসুং ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগরগী বিধাবা বিবাহত্তুগী মতৌগুম মৈতৈনা লৌন লৈনবা য়াবা মফমদা, নুপীনা মপুরোইবা হোংলগা সমাজনা দণ্ডিদা মতৌই, য়াম্নদি চোপনৈ, তাম্তোকপমক্তি তৌদে" পরাশরনচিংবা গুণী ওইবশিংত্নুনা তৌবা থবকতুদি মীকুপ্পা বায়েলচ.বা য়াদে, অচৌবা মীনা তৌরগা থোনা যবদাচিংবা থবক্তু মীচম্না তৌরগদি পাপনি হাইনৈ। মরমদি অৱাংবা চিংদোন্দা লেপ্লগা তম্পাক য়েংথরকপদি লৈতা চপমান্ননা উই, তম্পাক্তা লৈবা মীনা য়েংবদি মনাক্তা লৈবা লৈকুৎ লৈতোং অত্নুতা মউই, অত্নুগুম্না য়াম্না উথ্রবা অৱাংবা চিংদোন্দা লেপ্পগুমথ্রবা মী অত্নুনদি মী পুম্নমকসিবু চপ মান্ননা উবা ঙমই। হৌনবী পথাপ্পা পুল্লিবা তম্পাক্তা লৈবগুম্বা মীনদি মী পুম্নমকপু চপ মান্ননা উবা য়াদে। চিংদোন্দা লেপগুম্ব মীনা ইদবা মরমনা মৈতৈ সমাজবু ইন্থরমলিবনি।

বেদ বিভিন্না স্মৃতয়ো বিভিন্না,
নাসৌ মুনির্যস্য মতং ন ভিন্না।
ধর্ম্মস্য তত্ত্বং নিহিতং গুহায়াং,
মহাজন যেন গতা স পন্থা।

(মহাভারত বনপর্ব্ব)

ভাবার্থ :— "লম অমমমদা ব্রাম্নগদবা মতা য়েংহুনা পণ্ডিত অমনা হৌদোকলম্বা পথাপু ঐগী লমদা চংনদে হাইহুনা নিন্দা তৌষদে।" অঙাংনা অমুত চুপক্ষম ওইরিবা মক্ষম অত্থদা তিনকাবু চুপহল্লগা ইতা মথোকপগুম মুংশিদনা য়েংলবদি মীগী ফত্তবতা মউই।

১। হাওনা মৈতৈ ওল্লি হাইহুনা মৈতৈসি হাওদগীনি খনবস্থু য়াওরি, মাহুদি নত্তে হৌজিক তাংখুলবু খৃষ্টান ওহ্লল্লিবা অসিগুম্বা, হাওবু মৈতৈ ওহ্ললি অমসুং আর্য্যদা অনার্য্যনা তিনবা শূদ্রগুম সমাজগী মমৈ থংই, তৌইগুম্বসুং দুর্য্যোধন্না কর্ণবু লৌথংপগুম হাওদগী ওল্লক্লুনসু গুণ লৈরবদি লৌথংনৈ। মী হাইবসিমথৈ অসত্য ওইরম্লি হাইবহুনা বাতা অমনি।

## ২। লুহোংবা।

লুহোংবা = (লু "মকোক" = অভিভাবক) + হোংবা (পরিবর্ত্তণ)। (হোংবা = মথাম থংহনবা, পুঁথি হোংবা, মন্দির হোংলা অসিনচিংবা) লুহোংবগী পথাপ অসি মমাংঙৈদদি মনিং ওম্মন্মি, মুপী নিপা হাইবসি শাম্নপোৎ ওইনা থল্লম্মি; মুপীনা গর্ভাবতী ওইরগা য়ুম্লান কৈরোম্নবনা কান কান্দুগী চানা থক্লবা লাংবি, ঙাকপি শেম্বিনৈ। মপা কনানো হাইবসি থক খিনরমদে। য়ুম্পানবা হাইবা পথাপ অসি সমাজগী মরুনি লুহোংবা অসি চৎনরম-ত্রিঙৈদা সমাজগী পথাপ লৈরমদে। লৈরবসু মপুং ফাদে। ভগবান শ্বেতকেতু কাইরহুনা লুহোংবগী পথাপ হৌদোকলম্মি। মুণি ঋষি মথাম থোক্লবা কান কাওবা লুহোংবগী পথাপ অসি কয়া ফজরকাজি মহুগী প্রমাণবু মনু সংহিতানা পি। মনুনা লুহোংবা মেখল লিপাল থাইরম্মি।

১। আসুর ( মমল পিত্থনা লৌবা )। ২। গন্ধর্ব্ব (হুত চৎনহুনা লৌবা)। ৩। ব্রাহ্ম (কন্যা কৎপা)। ৪। প্রাজাপত্য (লাইগুরুনা থিবিবা)। ৫। আর্য্য (মুনিশিংদা চৎনৈ)। ৬। দৈব (মপা চাদনা লৌনখিবা)। ৭। রাক্ষস (কাত্থনা লৌবা)। ৮। পৈশাচ বিবাহ (তুম্মিন্তে লৌবা, মন্ত্র যন্ত্রনা লৌবা ফাবনচিংবা)।

সুপ্তাং মত্তাং প্রমত্তাং বা রহো যত্রোপগচ্ছতি।
স পাপিষ্ঠো বিবাহানাং পৈশাশ্চাষ্ট মোঽধম ॥

---

# শ্রীবিগ্রহ লাৎপদা কান্নবা।

## ( সমাজ পুনবা য়াবা পথাপতু ধর্ম্ম কৌনৈ )।

### লাইনিংবা হাইবসি ধর্ম্মগী মপুং অমনি।

ধর্ম্ম য়াওদনা আইন ভাকনা সমাজ সুংঙাইবা য়াদে। ঈশ্বর লৈতে হাইনা থল্লগা লংশুংতৎপা লৈ পরেংগুম সমাজ অহু ইচাই চাইনৈ ; ফরাসী রাষ্ট্রবিপ্লবতা মাহুগী খুদম ফংখি। নুমিৎ থানচিংবগী শাজৎ য়েংহুনা মতম লেপ্পরিবা, লৌথুপ লৈতবা অঙাংবু নুংশিবা, শা উচেক ফাওবা মচা নুংশিবা থংনরিবা, অমসুং জড় বিজ্ঞানগী মকোক পরমানুসিবু শেম্নকলিবা মীগী রাখননা থোকপা য়াদ্রবা তাইথংমালং হৌরককমগী কিশি লংজিন, মাসি পুন্নমকসি থিবদগী আত্মানা মথন্তা তাকচরকই. লৌশিং অমসুং রাথন হাইবসিবু ঐথোইনা মশক উদ্রবস্থু লৈ হাইবা থাজবা অহুগুম্না ঈশ্বরবু মশক উদ্রবস্থু মহাক্কী খুজিন থৌরাং উবদা লৈ হাইবা থাজনৈ। মীনস্বা মাংথররকপা,

অচুম্বনা য়াইফরকপসি ময়েক্লা তাই। ঈশ্বর লৈতে হাইরগা পুক্লিং অসি লৈকংলাগী মতৌ ওই, লৈ হাইরগা তাইবংবানগী অরা অনা কান্দা পোথানবগী মশক্তি, অমসুং সমাজ য়াইফনবা হিদাকনি।

( মীগী কান্নবা থবক্তু অচুম্বনি )।

*"Omnipresence to almost the whole world means nothing; Has God superficial area? It not, then when we repeat the word, we think of the extended earth, that is all." "We can no more think about any thing, without a material image, than we can live without breathing."*

*By*— **Bibekananda Swami.**

"ঈশ্বরসি তাইবংপান শিনথুংনা লৈ হাইরুছনা করিসু কান্নদে, মহাক্কী মপানগী অসুপ্পা বা অমা লৈব্রা? লৈব্রবদি, মকম খুদিং শিল্লি হাইনা হন্না হন্না থল্লুবদা তাইবংমালং অসিবুতা মনিংশিংই, মাহুনা লোইরে।"

"শ্রীবিগ্রহ অমত্তংবু পোৎচং ওইনা য়াওব্রবদা ঐথোইনা স্বর থিংহুনা লৈবা ঙম্বা মতমদগী হেন্না কুইনা মহাকপু থল্লুবা ঙমদে।" (বিবেকানন্দ)! মরম অসিনদি ঐখোইগী শ্রীচৈতন্য প্রভু অমসুং শ্রীরাধাকৃষ্ণগী শ্রীমূর্ত্তি লিংখৎপসি সমাজ য়াইফনবগী মশকনি॥

## ৪। মপোক অমগী খনবা।

শ্রাদ্ধ (শ্রদ্ধয়াদত্তম) শব্দগী অপভ্রংশদা সরাত; অমসুং তর্পণ= তৃপ্তি; অসিনচিংবা মিং খোন্দুনা শিগ্রবা মীনা কংলুনবা উসম মেলানচিংবা তৌরি, মাসিদা জীবসি হুন্না হুন্না পোকই হাইবা উৎলি, (প্রোনন্বায়ু) খবাই মঙাবুদি "মুংশিংনি, চেমগনবগী ঙাইরিবা" চেঙা কৌই। মপোক অমা থাজবদগী মৈতৈনা রাজদণ্ডি মী হাৎপবু অঙাং ওন্নলনবা কৌনৈ।

(ক) মরম অসিদা নোংমা রাজকুমার শ্রীমাঙ্গোলসিংহনা হাই— "মীওইবগী কান্নবা খবকতু অচুম্বনি হাইনা লেপ্পত্রে, জীবসি হুন্না হুন্না পোকই হাইনা খল্লগা মীওইবগী সমাজনা অমকপা বাথল (পাপ) খাদোকনবগী অখোইবা পান্থে ওই, মরম অচুনদি প্রমাণ অতৈ চংঙ্গবসু মপোক অমগী বাসি অচুম্বনি হাইবা থাজে।

(খ) চহি তরেৎলোম ওইরকলে, খরানমিচাক মমৈ পানবা অমা খোকথিবা কাল অদুদা, ২৪ পরগনাগী মসুং ভাঙ্গর থানা ক্রোল বেরে খুন্দা, রামধন গাইন হাইবা নিপা অমগী মতুত্থু মপোক থংই য়েংলো হাইতুনা খবরদা শন্দোকখি চৌজিকসু লৈরি। (১৯.০ খৃষ্টাব্দ ৩০ শুবা বসুমতী পত্রিকা)।

জীবগী মাংবা লৈতে, নত্রবদি মপোক অমসি লৈরোইদবনি, জীবগী মুংঙাইনবা লম্বিদি "অচুম্বা" হাইবসিনি, মীওইবগী কান্নবা খবক্কু চুমই হাইখরে: অদুনা সমাজগী মনুংদা খরনা লৈপাক্কগী মহৈ মরোং লোকপা, খরনা মহেশ্বগী বায়েল অসি থিবা, খরনা

মাসি পুন্নমক্তা মীৎয়েং চংহুনা কলক্কথাবা, মাসি পুন্নমক্তা সমাজবু মুংঙাইবগী লুতোন য়ৌহল্লি। অতুদগী অমুক নাপন্ন কারক্লুনা মর ক্কংনা মাংহল্লি, মাসি তোক্লবগী পাম্বেদা ঈশ্বরনিংবা অমস্তং মপোক অমগী থক্কবা অসিমু হেন্না কান্নবা অতৈ লৈতে।

## ৫। মৈতৈ সাহিত্য।

মী অমগা অমগা পুক্লিং তিন্নবা য়াবা রাহৈ রাতাহু সাহিত্য কৌনৈ। মৈতৈ থৌগল লোন হাইবসি সাহিত্যনি। মাসিদা রস মাপন তিল্লী। মৈতৈগী পদ্যদি থুলং ইশৈ অমস্তং তেংথাবনাচিংবা ময়াম লৈ। মমাংঙৈগী লাইরিক লেংবসি মিং কয়া থাগন্দে, থারবস্তু কুইপ্রবা মগুণ লৈবা মী অমদা থাংজিল্লি অতুনব্রবদি ময়ামনস্থ লৌনদ্রে, রাথল অসি কোক্তবা মফম হৌজিক ফাওবা য়াওরি। হৌজিক্তি লাইরিক্তা মিং থাব্রবদি সরকারনা ফাহুনা দণ্ডি তৌরে।

## ৬। (অহ্নিক পূজা) অনিক তৌবা।

পুক্লিং অনি লোংবা লৈতনা মীওইবনা করিগুম্বা অমস্তং থল্লি ঙৈন্দা তুম্মথপ্রবদি মং হাদস্থ থবকতু অতুম মতৌথসি মহৌশানি। মরম্নদি থল্লিবা জীবাত্মা অতুগী তুম্বা লৈতে, তুম্নিবদি ইন্দ্রিয়তনি, অদুনদি হিংলিঙৈদা ভজন শরনিগী 'অভ্যাস' তৌবসি (মহাশয়ন) শিরবা কান্দনা মহৌশা নিংলম্বা লম্বাতুদা চংকল্লি হাইরুবদা ওকফম করিস্তু লৈতে হাইনা থনরদগী ঐথোক্তবনা নীতিগী লাইথুরম্বা হাইহুনা অহ্নিক শংদা অভ্যাস তৌনৈ।

---

পন্দুপ অনিশুবা

# মৈতৈ থৌনাফবশিংগী ৱাথন।

লাম্হোকশিনবগী মরমসি ইতৎ তত্তনা ইতিহাস তাবা অমসুং ৱাথন তৌবা নৎতনা অতৈ পাম্বৈ লৈতে অমসুং লানফমদদি লৈপন্না ইপানি, লানখোংনা ইমানি হাইনা খল্লি, অকনবশিংনা শিবগা চংবগসি থবক অমত্তা ওইনা উই, মরমদি জীবগী শিব লৈতে থৌরাং-থিবা পামথিবা লম্বি অত্তুদা হুঞ্জিন্দুনা পোকপনি, লান্দা শিরগা হিন্দুনা সনাতন ধর্ম্ম ফংই মপোক ফরুগনি খল্লি। জাপানীশিংনা "লান্দা শিরগা মপোক অত্তুগী শরুক কয়াহেননা ফনা পোকই" খল্লি। হকচাং ঙাকনবগীদমক লমচৎ ফজনী, অমসুং শাজেন তৌগনি, মীকুপ নাহুমশিংবনা লোংনা থিনবা চংলিবা লীনবু শৌনা য়ুদে, কুপশিনবদা মপা লৈতবা মরমনা মুংশিংপু লাংদা থুদে, লৌশিংনা ফংগ্রবা থবকতু ঈশ্বরদা ইম্হোক্কনি, শাজেন থৌরাং চাওবা মীবু ঈশ্বরনসু ঙাকপি।

অচাওরম কাবাসিমক্তবু মোন্দুম মোম্তেক থক্তা শিল্লৌ লশিং তিন্না তৌবগুম কোনগোন য়াতাবা ঙাকনদি ওইবা নত্তে। পোকপদা ফমগা লোইননা অমসুং সনাগী লিফক্তা পোকপসু য়াই তৌইগুম্বসুং অকনবা হাইবা মিং অসিদি অৱাধা থাংদনা থক ফংবা য়াদে।

সমুদ্র অমসুং সমুদ্রগী মশা ওইবা ইহুন কনবা তুরেন্দা হিহোনবা জাত অমা লৈ, মখোইনা লূকই হি মচা মচা তোংহুনা ইথক ইপোম অমসুং ইহুনগী মতু'ইন্না কোইনা শান্নত্তনা লৈবগুম্না, কর্ম্মবীর

ওইবশিংনা য়াইফরকপা অনংবা অমস্তুং খুদোংথিরকপা, থিবিক্তা ইমুং হুণ্ডাইনা নাম্থোকুনা চংলি। মাসিগী খুদমসি চন্দ্রহাস, কার্ত্তা অমস্তুং নরসিংহনচিংবা নিংথৌরেল থিবিকী য়ারীদা ইতং তত্তনা ফংই।

---

## ১৮৩৪ ইংদা ব্রিটিশ গবর্ণমেণ্টগা মণিপুর নিংথৌগা লেপ্পখিবা।

কবো অসি মণিপুরদগী ব্রহ্মদেশদা তিনশিনখিবা অসিগীদমক গবর্ণমেণ্টনা মণিপুর নিংথৌদা চহি খুদিংগী লুপা ৬০০০ পিগনি।

লোইরবা।

শোক ১৯১৭—১৮ গী মতমদা রাইটরনা
ফোঙথিবা লাইরিকশিংগী মমিং ঃ—

১। মণিপুর ইতিহাস ( অহানবা )
২। মণিপুর পুরাবৃত্ত
৩। হিন্দি লোল তম্নবা লাইরিক
৪। ভক্তি অঙ্গ ( মৈতৈগী থৌগললোল )
৫। দলিল পথাপ
৬। মৈতৈ ইশৈ
৭। নিত্যাচার ( মৈতৈলোন্নসু হন্দোক্লবা )
৮। রাস পঞ্চাধ্যায় ( মূল )
৯। কীর্ত্তনিয়া ( মৈতৈ লোন )
১০। অষ্টকাল শরনী পদ্ধতি
১১। গোপাল সহস্রনাম ( মূল )
১২। ধ্রুবলীচং

---

মথং মথং ফোঙজরকদবা লাইরিকশিং ঃ—

১। ভক্তি অঙ্গ ( মৈতৈগী থৌগললোল )
২। কীর্ত্তনিয়া ( মৈতৈ লোল )
৩। অষ্টকাল শরনী পদ্ধতি



লাইরিক ফংফম—

* কংলা বুক হাওস, পাউনা বাজার ইম্ফাল।
* ওঃ কেঃ ষ্টোর, পাউনা বাজার ইম্ফাল।
* গীতা বুক হাওস, পাউনা বাজার ইম্ফাল।
* মোদরন বুক হাওস, পাউনা বাজার ইম্ফাল।

ছাপা তৌবা :— ইবোয়াইমা প্রিন্টরস,
মোইরাংখোম মখা লোকলাওবুং।